"WAHANTHOK" - is a Mysterious book of Manipuri Language written by Taurem Tonjou Singha, Vill. & P.O. Amtola (Hojai, Dist.- Nagaon (Assam)
Dated :- 12-2-2010 Pri - 20/-

---

অইবা : তাওরেম তোনজৌ সিংহ
খুল অমসুং পোঃওঃ - আমতলা
জিলা ঃ- নগাঁও (আসাম)

অফোংবা : ১) তাওরেম গৌরকিশোর
২) তাওরেম ব্রজকিশোর
৩) তাওরেম শ্যামকিশোর

ফোঙবা কুম : ২০১০ ইং, ফেব্রুবারী ১২

লাইরিক মশীঙ : ৫০০

মতেং ওইনা : লুপা ২০.০০

ফংফম থোকপা : অইবগীনি

উনম্ফম : শ্রীকৃষ্ণ প্রেস, মিছন রোড,
নতুন বাজার, হোজাই।

(মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী "গোল্ডেন জুবিলী" ১২-২-২০১০ ইং অফোংবা মীফমদা ফোংজবা)

# কৎচবা



"মহাত্মা গান্ধী" লৈপাক্কী, দেশগীদমক শেৎপা চাবা, নীংবা কায়না রাজরকপগী মহৈ ওইনা নোংমৈ মরুগী "রোকেট" তোংলগা চঙনা স্বর্গ কাখি। মহাক্কী থৌরায়না লুপা ময়েক্তা ফল্লগা নোক্লা-নোক্লা মালেম থুংনা কোয়না চৎলগা পাওহংলকই — ইচাশা! নখোয় পুম্বা নীংতম ফংলকপগী মহাও করম তৌই? নখোয়গীদমক্তা ইপানা লাইরৈবাক্তা লৈফম খাকলি রারুগনু।

লৈপাক মীয়ামগীদমক য়াইবী কৎখ্রবা "মহাত্মা গান্ধী" মহাক্কী মফমদা ঐহাক্কী পিক্রুবা লাইরিক মচা

"রাহম্লোক"

অসি

কৎচরি।

কৎচরিবা

তাওরেম তোনজৌ

নোংশীং ঃ ১২-২-২০১০ ইং।

# থৌনিজবা

মতম কৌবী লাইরেম্বী। নহাকপু তোল্লবা ননাইনা হন্না-হন্না খুরুমজরি। খুলাম তোয়না কৌজবসু তাবিগদবনা তাবিখিদে, কনাদবু চংজগনি, কনাদবু হায়জগনি? মতমনদি চৎখিবা খঙহৌবা লৈতে। ইমা নংবু মফম কৈদবু লৈরিগবা? ঐ লৈরি, তাইবংসু লৈরি। ঐ লৈত্রে, তাইবংসু লৈখিদ্রে। লৈরিঙৈগী মতমদা তৌরমদ্রবা থৌরম শিগ্নগা করি অমুক তৌরকখিগনি? মতম কৌবী হে ইমা! নংগী খুয়া খা-দা তোল্লবা নচা-ননাইনা "লৌশিংগী মৈরা" পীনবিয়ু হায়না হন্না হন্না থৌনিজরি।

থৌনিজরিবা
"অইবা"

# শৈথারোল

হা-দা মালেম ইমা পুকফব্বী' ইমা নংগী পীবুক নুংদা অচৎ-চৎতা লৈচল কয়াগী লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎপগুম ঐখোয় পুন্না শাৎলি ভারতগী লৈকোল অসিদা। হৈপাল-উপাল খিবিক্লা মনীং-মখা তম্না কোরৌ থকপু তাল্লিয়ে, মরা-শিংলী কাংলূপনা মালেম লৈশাবু থিবদি ব্লাখল লৌশিং চমখরে। উরীগী মরূপনা শাইদাংফমবু কোয়না থিরিয়ে। তরং উরীনা মরী মখোঙ লৈতনা পামেল উগী মথক্তা মনীং তম্না য়েৎচরি। মখল কয়াগী উতাংবী কয়াগী কাংলূপনা উগী কারোংদা নিঙাইদনা ফম্লগা নোক্লা-নোক্লা তাইবং শিন্থা পুবতা নৎতনা তাইবং খোঙচৎপু তাকলিয়ে। নমু তাইবং অপংবন খোয়ুম খোঙচৎ খংখিদে, ইমা নংগী খুয়াদা নচানা থৌনিজরিয়ে।

- অইবা -

# অইবগী ৱাখলরোল

মীওইবা কাংলূপ কয়া তাইবং খুন্দা-লৈতারকপগী ৱারী কয়ামরুম মহাক-মহাক্কী লোনচৎ, চৎনরোলগী মতুং ইন্না পাক চাওনা লৈনরি। অসিগী মনুংচন্না মীওইবা খুদিংমক্না হিংনবা পাম্বে কয়া থিনরকলি। লোয়ননা লমজিং পুরেন মহাপুরুষ কয়া মালেমদা মপুগী শায়োল অমসুং শিস্থা পুদুনা লেংবিরকখি। মখোয়শিং অদুগী মহাক মহাক্কী ৱাখলরোল মতুং ইন্না মালেমদা চৎনরোল, লাইনিং লাইশোন কয়া শন্দোকপগী ৱাফমতা নৎতনা থকশি-খাশি অসিনচিংবা শন্দোকপীরম্মী। অসিবু ঐখোয় মীয়াম্না ধর্ম হায়রগা সুপ্না খঙনরে।নুংগী ওইবা ঈচেল য়েংলগদি মীওইবা খুদিংমক অমত্তনি। অমগা-অমগা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবা অসিবু ধর্ম হায়গনি। অমরোমদা চারগা হিংবা পুক্সিনি। মরম অসি লৈবনা ধর্মদা লৌরোন-লানজং কয়া চংনরি। লৌরোন য়াওদবা ধর্ম অমসুং হিংনবা পাম্বে লৈতবা অদুদি মীয়াম্না ধর্ম অদুবু শিংথানদে। মরম অসি লৈবনা মহাপুরুষশিংনা ধর্মদা শাদোং ওইরগা তুংগী চারোন শুরোন ফাওবগীদমক লৌচা পথাপ শন্দোক্নরি। খুদম ওইনা ধর্ম খুদিংদা অমসুং হিন্দু ধর্মদা মীওই লাক্ষ কয়া হিংনরি। মচং চাবা কুকিলনা কাক্কী মহুমদা মরুম কোকলি। অসুম্না বেদ শাস্ত্র, কোরানশ্বরিপ, বাইবেলনচিংবদা পাওতাক কয়া পীরি। কনাগুম্বনা খস্থরুবা লৈতে। মতাং অসিদা খজিকতং খস্থুবিরবদি খর মখৈদি, অৱা অনা, কোক্কনি।

# ৱাহন্থোক কৌবগী
## হায়জনিংবা খরদং -

লাইরিক অসিগী মরু ওইবা ৱাখলরোলদি মাংলমচৎতা মহাপুরুষ অমসুং লমজিং পুরেন কায়ানা থম্বিরম্বা লৌরোল থুপনা লৈখ্রবা ৱাখলরোল অসিগী মরমদা নৈনজবনি। মতম অমদা মীতৈ অমা ওইনা ইনীং ইখা তম্না লৈরম্বগী খুদম লাইরিক না তাকই। মতমগী য়াওল মতুং ইন্না নোংচুপগী ঈরৈনা কনখিবনা লৈজরম্বা মীতৈগী মায়চৌ কয়া ঙসিদা লমহাংনখ্রে। অখং-অহৈ, অকল-অথৌশিং লাঙ্গোয় চল্লে, মতমনা লাংজা উচেক উবা ফংলকত্রে। লৈরক-খুল্লক্তা লমহুই মখোল তাখিদ্রে। অসিগুম্না নোংমদি মালেমদগী মীতৈ হায়বা কাংলূপ অসিগী লোনচৎ শাজৎ মাংখিবা য়ানা লৈরে। মতমগী চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না লাইরিক্তি হৈনরে, লাইশুদি ৱাৎপগুম থেংনজে। মতমগী খোঙচৎ লাকপনা লোনচৎ শাজৎন চিংবা খঙনরে, খঙদবসু য়াদরে। লমজিং পুরেনশিংনা থম্বিরম্বা ৱাখলরোল খুদিংমক মচা-মশু ওইবা ঐখোয়না শৌগৎপগী মথৌ চঙলে। মতম চৎখ্রগা লাকপা লৌশিং, নোং হাংলগা থুংলবা য়েমপাক গুম্বনি হায়বা অহলশিংগী পাওৱৌ, মাংফদ্রবা লাইৱাঙক্তা ওইগনি।

লাইরিক মচা অসিগু য়েংশিনবিদুনা মশাগী ৱাখলরোল পীবিরকলিবা ওজা ইবুঙো থৌদাম বাবাতোম্বি (এক্স প্রেসিডেন্ট মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম, নগাঁও) সিংহগী মফমদা শিংঙমদ্রবা লমল তোনশিঞ্জরে অমসুং ওজাবু হন্না হন্না থাগৎচরি। মথংদা লাইরিক অসিবু উনম তৌদুনা পুথোক পীরিবা শ্রীকৃষ্ণ প্রেছ্‌গী মপু অমসুং থৌশুরোয় শিংবু ঐহাক্না ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরি।

মরু ওইনা লাইরিক অসিবু ওইহন্বদা পাওতাক, বানান চিংবা কুপ্না য়েংশিনবিরিবা "নোংথোম্বম ইন্দ্রকুমার"গী মফমদা শিংঙমদ্রবা লমল তোনজিনজবগা লোয়ননা ওজা মহাকপু থম্মোয়না হন্না হন্না থাগৎচরি।

*তাওরেম তোনজৌ*

১২-২-২০১০ ইং

# অইবগী শম্লপপা পুন্সি ৱারী



১৯৩২ ইং আগষ্টগী ১৭, হোজাইগী নোংচুপ থংবা শিলিগুরী, রাধানগর হায়নসু খঙনবা খুন্দা ঐহাক পোকচৈ। মতমঅদু মীতৈনা আসামগী যোগীজান, হোজাই লংকা মায়কৈদা নৌনা মথং-মথং খুন্দা-লৈতারকপা মতমনি। ১৯৩৩ ইংগী মার্স থাদা ঐহাক আমতলা খুন্দা লাকচখি। অপোকপগী মিংনা তাওরেম চন্দ্র সিংহ কৌই অমসুং পাবুং অসি মতমদুদা মাইবারেন হায়রগা খঙনরম্মী। অপোকপীগী মিংনা তাওরেম ওংবী পদ্মমুখী কৌই। ইমা অসি কাছাড় সোনাইগী রাজধারী মুতুম কাহাইগী অনীশুবী মমোমনি।

পুন্সি থৌদাং ঃ- মতম অদুদা লাইরিক-লাইশুগী মতাংদা স্কুল-কলেজ লৈতবা শরুকনা অখঙ-অহে ওজাশিংগী ময়ুমদা চৎলগা ক্লাস সিক্স ফাওবা কাবক তমজহৌই। অসিনা মরম ওইদুনা অঙাংশিং খরবু থাদা পৈসা য়াংখে লৌদুনা প্রাইভেট টিউশ্বন তাকপিরম্মী। লোয়ননা নোংথোম্বম ব্রজবাসীগী তুং ইন্দুনা মহরীগী থবকসু খরনি তৌজরম্মী। ১৯৫২ ইং সনদা ভারতনা নীংতম্বা ফংলকপগী মতাংদা হোজাইগী খুরাইজম টেম্বা আমতলাগী হাওরোংবম লৈরাং অমসুং নোংথোম্বম ব্রজবাসী মখোয় শিংগা লোয়ননা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ওইনা কোয়না চৎলম্মী। অসুম্না নগাঁও জিলাগী হাতীচং কৌবা মফমদা নুমিৎ মঙানি আসাম প্রদেশগী ওইনা অচৌবা মীফমদসু য়াওজরম্মী। অসুম্না মথং-মথং লাকপনা চহী ১৮ চুপ্না হোজাই থানা "গাওঁরক্ষী বাহিনী" কমিটিগী প্রেসিডেন্ট ওইরম্লগা ২০০৬ গী জুনগী নোংশীং ৫ দা পোথাজখি। লোয়ননা আমতলা এম, ই, স্কুল লিংখৎপদা চহী ১৭ সভাপতি ওইরম্লগা ২০০১ ইংদা পোথাজখি। হৌজিকমক্তা হোজাই লৈপাক পঞ্চায়গী অমসুং আমতলা শীংলূপগী ওইনা ১৯৯২ ইং দগী "হিদং"গী ফম পুজরি। খুঙ্গংগী অঙাংশিংনা স্কুল পু-পু, শঙ্গোয় পু-পু হায়রগা ঐবু খঙনৈ।

ঐহাক্কী "তাইবং শিঙ্থা" কৌবা লাইরিক অমা ২০০১ ইংদা ফোংজখ্রে। ঐহাক্কী অনীশুবা লাইরিক "ৱাহম্থোক" অসি অপাবা-অপাবী শিংগী মফমদা লাম্থোকচরি।

# থাগৎ ৱাহৈ

ইকায় খুম্নজরিবা ইয়াম্বা শ্রী তাওরেম তোনজৌগী "ৱাহঙ্থোক" কৌবা লাইরিক মচা অসি খুৎই ওইনা লৈরিঙেদা পাজরে। লাইরিক মচা অসিদা তাইবং পান্বগী কাংলূপ খুন্নায়দা লোংনা-থুপ্না চংনরিবা লোনচৎ, শাজৎগী লৌরোনগী মরমদা খ্বাইনা খঙনবগী পান্দমদা ৱাহঙ্থোক পীবা উজবা ফংঙি। লাইরিক অসিনা মীয়ামগী খজিক কান্নবা ফংগনি হায়বা ঐগী থাজবনি।

অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক অতৈসু অইবদগী থোরকখিগনি হায়বাগী ৱাখল থমজরগা অইবা ইয়াম্ববু হন্না-হন্না থাগৎচরি।

থৌদাম বাবাতোম্বি সিংহ
এক্স ভাইস প্রেসিডেন্ট
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম
১৯/৯/২০০৯ ইং

# হীরম লমায়


১। চাওখৎ খোঙথাং ............................ ১
২। মতম অমগী মীতৈলৈপাক ............................ ১
৩। মুকা তীন্না কুরাক ওন্বা ............................ ২
৪। লময়নেবা নাওরিয়া অহল ফুলো ............................ ৪
৫। লমজিং পূরেন উশম তোনু .......... .................. ৬
৬। য়াইফা লূপগী থৌদাং ............................ ৭
৭। ভারতনা মীকোক থিখিবগী মতাং ............................ ৯
৮। খোয়ুম লাংলোন ............................ ১০
৯। খুৎশেমগী লাংলোন ............................ ১১
১০। কাশীরাম দাসগী মহাভারত ............................ ১২
১১। রামচরিৎ রামায়ণ ...................... .... . ১২
১২। ৱারী ............................ ১৩
১৩। য়ুমজং ৱারী .................. ......... ১৪
১৪। লাইরিক ............................ ১৫
১৫। খুলোন .................... ........ ১৬
১৬। ধর্ম ............................ ১৬
১৭। খন্নবা ............................ ১৭
১৮। চাংদম্নবা ............................ ১৮
১৯। মচা পোকচবগী মহৈ ............................ ১৯
২০। নোমজমলগী মহৈ ............................ ১৯
২১। শুজমলগী মহৈ ............................ ১৯
২২। ৱায়েল বিচার ............................ ১৯
২৩। শাইদাংবা .................... ........ ২০
২৪। মপা-মপু নীংবা ............................ ২০
২৫। পাওতাক ............................ ২০

# ৱাহন্থোক

(১)

## চাওখৎ খোঙ্‌থাং

মতমগী য়াওল লাকপনা হৌগৎ লক্লিবা মতমগী নহারোল খুদিংমক্লা চাওখৎ লমদাং থিন্নবদা মালেম পুম্বা হিদান্নরকলি। অনৌবা য়াওলগী মখল-মথেল কয়াগী মচু উরুবদগী ৱাখল কওডাওনরি। পোৎকী মমলদগী মচুনা হেন্না পান্নরকলি। মীগী ফজবা পোৎশক অদু ঐগী ওইবমক্লি খন্নরকলে। মীগী ফজ-ফজবা ফুরা-দালান ঐগী ওইবদি য়াদে, মীগী চুখোঙ শেংলুরগা করম্বা ওইজ-ওইথক ফংগনি? মীগী মমা ফজবী, ঐগী ইমা ওইগেদি য়াদে। ঐগী ইমা শকথিবী পলেমতনা নাওকোলবি। পন্থৌগী শঙ্গায় অমম্বা, মিরাং থুরেবু খন্নবরা? - চংজফমনি চংজফম। শাইদাংবনা মপু ওইবদি য়াদবনি। লৈপুঙনা যণ শারুদুনা মোঃ দি খোংদবনি। শেন্নগা লৈকোল ওইবনি, খন্থরগা লাইরৈপাকপু মশক খংগনিয়ে - লেংফদ্রবা লাইবানি। পলেম-পন্থৌ অনীগী থৌজাল ঈরিক্লা তাইবং পান্বা উবনি। অসিনা খোয়ুম খোঙচৎপু তাকলিয়ে। হৌরকফমনা লাইফমনি, হৌঙম লোমফম খঙদ্রবদি - লমজা মচা ওইগনিয়ে হঙ্গৎনা য়েংলগা খোয়ুম খোঙচৎ খঙলোয়য়ে, হন্থনা য়েংলগা খোয়ুম খোঙচৎপু খঙগনিয়ে। অবাপপদা লৈতবনি, অনকপদসু উদবনি। তাইবংপান্বা তরংনি, তরং মশকপু খঙলগা খোয়ুম খোঙচৎসু খঙগনি।

(২)

## মতম অমগী মীতৈলৈপাক

চাওরাক্লা ১৭০০ খৃঃত গী মমাং ওইরপ্লা য়েংলুরগদি হৌজিক্কী মণিপুর অসি "মৈত্রবাক" "মীতৈলৈপাক" হায়না মালেম পুম্বনা শক খঙনরম্বগী খুদম ওইনা ফংজে। ইরমদম অসি পিক্লবসু পিক্লা মতীক-ময়াই অমা লৈজবতা নৎতনা মালেম পুম্বনা লাইরৈপাকনি হায়বগী ঙসি ফাওদা ৱারীনরি। "অৱাং কৌব্রু অসুপপা, লাই মনাই খুন্দা অহ'ম্বা, লোকতাক ঈথাই মাপল" হায়না অমাইরোলদা অমাইবাশিংনা ঙসিফাওবা শীঙথানরিয়ে। লোয়ননা "য়েক

তরেৎ সলাই তরেৎকী মতাংদদি অমসুং চৈয়োল তরেৎকী মতাংদদি অমাইরোলদা অদুক্কী মতীক পাক-চাওনা লৈখ্রে। কংলাগী ৱারী, সতীগী চাংয়েংদা মোইরাং কংলৈরোলদা থোয়বীনা থারম্বা "কোংয়াং চৈশু"গী মরমদা ঙসিফাওবা ৱারীনরিয়ে। লাইবক থিবদি চৈশু অদুগী মরমদা কনাগুম্বনসু শীঙথানবিদ্রে। অসিগুম্না অতৈ-অতৈ ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা পোৎশক কয়া থিগৎপিদ্রে।

ইমুংদা লৈরিঙৈদা য়েক-সলাই থিগৎনৈ। মীতৈগী ইপা-ইপুশিংনা থম্বিরম্বা পুয়া কয়া, মতমগী মখা পোনখিবনা ঙসিদা কাংখদা লোৎপা হোৎনবদা মিরাং থুরে। চাওখৎলে কর্পগী মতুং ইন্না য়েংলগদি ইপা-ইপুশিংগী খোংগুল লিবা তঙাইফদে।

(৩)

## মুকা তীন্না কুরাক ওন্বা

মতমগী য়াওল লাকপনা "বিষ্ণু"গী শায়োল ওইনা অৱতার লাকখি মহা পুরুষ "শান্তিদাস গোঁষাই"। মহাক অসি খৃঃত ১৭১৬ গী ফাইরেল থাগী ১৩ নি পান্বা থাংজ নুমিৎ মক্তদা "মৈত্রবাক" কোনুংগী পোৎথাশঙদা মনাই খাওবুবা ভগৱান দাস অমসুং নারায়ন দাস গা লোয়নদুনা মীতৈলৈপাক্তা অহান্বা ওইনা লেংবিরকখি। মহাক অসি মতম অদুগী খঙ-হৈরবা লাইরিক অমসুং লাইশুগী মরমদা খঙ-হৈবতা নৎতনা বিজ্ঞানগী মরমদসু লৌরোলে কুপ্না খঙলবা মীশক অমনি। অসুন্না নিংথৌ কোনুংগী পোৎথাশঙদা লৈরগা মতম খরনিগী মনুংদা কোনুংগী চৎন লোনচৎ শাজৎনচিংবা কুপ্না খঙদোকলে। মহাক্কী ৱাখলরোলনা ফংবদা নিংথৌগী মথক্তা অঙম্বা ব্রহ্মজ্ঞান, ব্রহ্মসাধকন চিংবা মখল-মথেলগী লৌরোল কয়া চংশিন্বা হৌরকখি। মতম অসিদি নোংপোক মায়কৈ অসি উমং-ৱামং, শোংলিবা অমসুং লম্বী-থোং খুমাং চাওখৎত্রিবা মতমনি। লোয়ননা লাইরিক-লাইশুগী মরমদসু চাওখৎত্রিবা মতমনি। মরম অসিদগী নিংথৌগী সনা পুক্লিংবু লাঈনা শুম্হাৎতুনা খুদুম চন্বা ঙমখি। মতুংদি ইরমদম মৈত্রবাক মীতৈলৈপাক অসিগী মিংথেলবু 'মণি' চেন্বা লমনি হায়দুনা "মণিপুর" হায়না থোনবিখি।

অসুম্না মহাপুরুষ অসিগী কৃপাদগী "মৈত্রবাক্কী" মহুৎতা "মণিপুর"

মিংথোল ফংবতা নৎতনা ঐখোয় পুম্বা মীতৈগী মহুৎ ওইনা লৈপাক মাংদা "মণিপুরী"নি হায়দুনা চাওথোকচরিয়ে। মহাপুরুষ শান্তিদাস গোঁসাইগী কৃপাদগী ঙসি মালেম শিন-থুংনা মুকা তীননা কুরাক ওল্লগা পাইজবা ঙমজরে। মওং অসিগুম্না ঙসিদা পৃথিবী পুম্বনা "মণিপুরী" হায়বরগা লৈপাক্লা শকখঙনবিরে।

মহাপুরুষ মশামক্লা মনাই মশন শিষ্য কয়াগা লোয়নদুনা অয়াম্বা মণিপুরগী মফম খুদিংমক্তা কোয়না চৎতুনা মণিপুরগী লোনচৎ শাজৎকুপ্লা য়েংশিনখি। মহাপুরুষ মহাক্কী মরুওইবা ৱাখলরোলদি মপা-মপুশিংগী হৌরকফমবু শৌগৎপা অমহ্কিসুং মরমদম অদুবু লাইরৈপাক ওইহন্বতা নৎতনা মরমদম অদুগী পোকপা-চাওবা মপা-মপু খুদিং মকপু লাইগী মচা-মশু ওইহল্লগা অনিসুবা স্বর্গ শেম্বা। লোযননা লমদম অদুদা চেল্লিবা তু-খোং তুরেলনচিংবা লাইরৈপাক স্বর্গদগী চেন্থরকপা (ঈরাইলৈমা) গঙ্গাগী ধারা মহাতীর্থ ধাম শেম্বা অমসুং মমালোন শন্দোকপা ওইনা মালেমদা মিংচৎকী উরোং খিল্লম্বা।

অসুম্না শান্তিদাস গোঁসাইনা ৱাশক লৌরগা লম্বোইবগী ফিজোল শেৎলগা নোংপোক মায়কৈদা লৈবা মৈত্রবাক্তা লেংবিরক্লুনা হিন্দু ধর্ম শন্দোকপা হৌখিযে। সিন্ধু তুরেলদগী লৌরগা হিন্দু হায়না খঙনরি। মরম অসি লৈবনা হিন্দু ধর্ম চৎপা খুদিংমকপু নোংচুপ্পুগী হৌরকপনি হাযদুনা ঐখোয পুম্বা ব্রহ্মঋষিগী ধাবা ওইজবা ফংজরে। অসুম্না মথং-মথং লৌরোল চংলক্লুনা ১৭৬৩ খৃঃতদ "নোংজেং পুখ্রী"দা নোংখ্রংমশা অমমম পাইরগা ঈরুপহন্দুনা ৱাশবহনখি। ঙসি ফাওবদা "নোংখ্রং ঈন্দপ" খিবগী ৱারী মণিপুরী শিংনা কাওঙমদ্রি।

অনীশুবদা গোবিন্দ দাসন চিংবা অযাম্বা দাস কাবুনা মহাবাণী (লৈমা) খুদিংমকপু লাইনিং-লাইশোন, ইরাৎ-থৌরমনচিংবদা পুক্লিং চংহনখি। অসুম্না লৈথকপনা ১৭৭৬ খৃঃতদা ইনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা কন্যা চীংদা থৈবোং পাম্বী যাল্লগা গোবিন্দগী মুর্ত্তি লিংখৎপগী মতাংদা হাওনুবী অমগী পনবিখি অদুবু লাইবক থিবদি হাওনুবী অদুগী মমিং মথা, শাগৈজাত লৈতবা ওইগদ্রা? অসুম্না থৈবোং পাম্বীনা শেম্বা ইবুংঙো গোবিন্দগী মুর্ত্তি অমসুং লৈপাক্লা, কোন্না শাবা লাইগী শক্তম ইরাৎনবা হৌখি। ইরাৎ থৌরমগী দমক চহী অদুমক্তদা ব্রাহ্মণ সম্থা লিংখৎখি। লিংখৎপা হৌবকপদা মণিপুরগী মপান্দগী লাকপা

মীওই জাতি কয়া মহাক মহাক্না লৈরম্বগী মত্তুং-মতৌ মতুং ইন্না য়ুম্নাক-শাগেগী মিংথোল থোনখিয়ে। অসুম্না ব্রাহ্মণ সম্থা লিংখৎখিবগী ৱারী তোপ্পা লৈখ্রে। শান্তিদাস গোঁসাইবু হন্না হন্না খুরুমজরি।

হায়জনিংবা অমদি, হৌজিক্কী চাওখৎলবা মতমসিদা মীওইবা কাংলুপশিংনা মা-মাগী মরোলনা মরৈবাক, মরমদমগী মিংথোল থোন্নরকলি। খুদম ওইনা - তামিলনাডু, চেন্নাই, কার্বি আংলং, নাগালেণ্ড, বড়োলেণ্ড, মীজোরাম অসিন চিংবা। মা-মাগী মরোলনা মরৈবাক-মরমদমগী মিংথোল থোনবদা কনানসু য়েৎপা লৈখিদে, য়েৎলুবগীসু মরম থোয়না লৈতে। আসামবু তেখাও, ম্যানমারবু অৱা, ত্রিপুরাবু তখেল হায়না মীতৈ ঐখোয়না থোনজরবসু, মীনা থোক্লে হায়দুনা মখোয় শিংদুনদি কৈদৌনুংদা ·কৌবিবা লৈতে।

(৪)

## লময়ান্বা নাওরিয়া অহল "ফুলো"

মপুগী মনাই অচান্বা নাওরিয়া ফুলো, থৌৱান থাগী ২২ নি পান্বা নুমিৎতা নাওরেম শাগেগী মৈতান অরাবা মপুগী শিন্থাপুদুনা তাইবং ফাওরকখি। অঙাংদি নিংথাদা খঙই হায়বগুম্না মহাক অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মশাগী তোপ্ তোপপা ময়াই অমা লৈবতা নৎতনা নুংশিবা লক্ষণ অমা লৈজে। অসুম্না স্কুল খুদিংমক্তা মাংজিন থাদুনা লাকখি। মতম খরনি তুংদা মতম অদুগী বৃটিশ সরকারগী মখাদা লৈঙাকপগী থৌবুবা অমা ওইরম্মী। অসুম্না আসামগী মফম কয়া কোয়না চৎলকপা হৌখি। মতম অদুদা অহল ওইরবা মীওই অমা থেংনখি অহল অদুনা নাওরিয়া অহলবু য়েংলগা হায়রম্মী - "ইপাগী ইবুঙো ফুলো। নহাকপু ঙাইবদা ইপাদি ৱারে। ঙসিদি ইপানা নহাক্কী নফমদা মতম কুইনা লৈখা তাপ্রবা মীতৈগী চৎনলোন ধর্মগী মরমদা ইপা-ইপুনা চৎনরম্বা পুয়া লাইরিকশিং ইপানা নহাক্কী নফমদা শিন্নগে খল্লকপা মতম কুইরে। ঙসিদগী ইপানা নহাক্কী নফমদা মীতৈ হৌরকফমনচিংবা মীহৌরোল অমসুং ইপা-ইপু হাকদক্তগী চৎলকপা মীতৈগী ময়েকনচিংবা অইবা লাইরিক পুয়া শিন্নরবনি। ঙসিদগী ইপানা অরোয়বা য়াথং নহাক্কী নফমদা পিরবনি। নহাক্না মতম কুইনা লৈখা তাপ্রবা মীতৈগী চৎনলোন অসি নৌহৌননা অমুক ইন্না শন্দোকপা ঙমজরো। অদুগা নহাক্না খঙগদবা অমদি

ঙসিগী ইরৈপাক মণিপুর অসি নহাক্লা তুম্বা হৌদোকলুবদা অখঙ-অহৈ কযা থোরকপা য়াই। মতমগী মখা পোনখিবনা ইপাগী পাঙ্গল লৈত্রে অসি হাযরম্লগা অহল অদু চিকমাংনখি।

অসুম্না নাওরিয়া অহল ফুলোনা অহল য়াথং ফংলবদা অমসুং পুয়া-লাইরিক কয়া'দু হেক ফংবদা তুম্বা-হিপপা , চাবা চংখিদে। মহাক্লা সরকারগী ওইজ-ওইথক থবকনংবা থাদোক্তুনা মীতৈগী ইনাৎ-কন্নবা লংলা লংজিন থিবা হৌরকখি। অসুম্না কোয়না চৎতুনা হংবা তান্নবা য়াবা অহলশিংগা উনদুনা মখোয়শিং অদুগী পাওতাক কয়া ফংজখি। মীতৈনা মণিপুরী ওনখ্রবা মতমসিদা করম্মা মীতৈ ইনাৎপু কল্লসিগে হাযবা ৱাখল খন্থখি। মতম অদুমক্তি মীতৈলোন অসি মীযাম তিম্বা মক্ষমদা অংশ লোননি হায়দুনা ঙাংনরমদে। অখঙবা খর য়াওবসু "সংস্কৃত" অমসুং "বঙ্গালা" লোনদা ঙাওজবা ঙক্তনি। পণ্ডিত উপাধি লৌদুনা অৱাংবা থাকতা লৈখিবনা কনাগুম্বা ম।তে মায়চৌ অমত্তনা ইনাৎ লোনগী মরমদা খন্নবিনবা লৈরমদে। মতাং অসিদা নাওরিয়া অহল ফুলোনা অহল য়াথং কোক্তা থোংলগা থোৱায় খুবাক্তা হাপ্তুনা অহলনা থম্বিরম্বা অরৈবা পুয়াদগী মরু ওইবা মীতৈগী চৎনরোল, ইনাৎকী থৌদাং পাইখৎনবা ইরমদম মণিপুরবু খুরুমজরগা পোকপা শিবা ইমা নংগী শিঙ্খানি হায়দুনা করিগী ইপা-ইপুশিংবু লৈখা তাহনগনি, মনাইদা থৌনা হাপিপয়ু হায়না থৌনিজরগা, নিংহন্নবা লৈতনা "অপোকপা মরূপ" কৌবা লূপ অমা লিংখৎতুনা "অপোকপা" লাইনিং শন্দোকপা হৌরকখি। অসিন মরম ওইদুনা হায়জখি - ইমারোলনা অরান-খুভম ওইহনবিয়ু, ইরৈপাকপু লাইরৈপাক ওইহনবিয়ু লোয়ননা মীতৈ ইনাৎপু কন্বিয়ু। অসুম্না মশাগী অমাং অতা থাদোক্লগা অরিবা পুয়া ময়েক্লচিংবা লাইরিক কয়া লেংথোকপিদুনা লৈপাক মীয়ামদা শন্দোকপিরম্মী। লোয়ননা ইমালোনবু নুংশিবিয়ু হায়রম্লগা মপুগী নাক তানজখি।

লময়াম্বা নাওরিয়া অহল লাইনিংহল ফুলোগী থৌজালনা মুৎলুরবা মাতৈগী লোন, ইনাৎপু খরমখৈদি য়েন্নিং হুল্লকলে। লাইনিংহল নাওরিয়া ফুলোবু হন্না হন্না খুরুমজরি।

(৫)

# লমজিং পুরেন উশম তোনু

উশম তোনু, ১৯২৭ ইং মার্স থাগী ১১ তারিখ কাছাড়গী বনতরাপুরদা পোকখি। মতম অদু নোংপোক মায়কৈ অসি লম-থোং অয়াম্বা মফম খুদিং মক্তা উমং-ঋামং ওইনা লৈবা শরুকনা লাইরিক-লাইশুগী লমদা চাওখৎলমদ্রি। অদুবু মহাক লাইরিক লাইশু হৈত্রগসু অহল মনাক্তা ফম্বা, অহলশিংগী ঋারী তাবা য়াম্না পাংজৈ অমসুং ঋারী অদুগী ঈচেল, অর্থ খঙনবা ইহং-পাওহংবা হায়বসি মহাক্কী হৈনবীনি। মতম অদুগী চৎনবীদি অহলশিংনা নহারোলশিংদা পুং-ঈশৈ, পালা তম্বিবা অমসুং নুপীমচা শিংদনা খুবাক ঈশৈ, বাসোক ঈশৈ তম্বনচিংবা, কাংগী মতমদনা জয়দেব চোংবা, "হেনো নিতাই বিনে ভাই, রাধাকৃষ্ণ পাইতোনা, পাইতোনা"। মতম অদু বঙ্গালা লোনদা মপুং ওইনা ঙাওজবা মতমনি। মেরা-লাংবন কারক্লবদি হৃরাও-কুম্মৈ, হোলি-পালা তম্বা অসিগী মরক্তা তোনু তৌফম খঙদদনা ওজাগী মনাক্তা লৈরগা চৈ-থাং মুক্লনচিংবা মপুং ওইনা তম্লকখি। লাইরিক হৈত্রগসু লাইশুগী মরমদা কুপ্না খঙলবা মীত্তই ওইবনা মীতৈনো চৎলম্বা লোনচৎ, ধর্ম অমসুং ইনাৎপু তাংজবগী মওং উবদা মপুক্লিংদা পেনখিদে। অসিনা মরম ওইদুনা কাছাড়, মণিপুর আসামগী হোজাইন চিংবা মফম কয়াদা মশাগী ওইজবা থাদোক্লগা কোয়না চৎপা হৌরকখি। মহাক্কী ঋাখলরোলনা ফংবদা মীতৈ ইনাৎপু কন্বা হায়বসি মণিপুরী সমাজরক্তা অরাইবা থবক নত্তে খঙলবসু "অপূন্বা পোরমলেন মরূপ" হায়বা লূপ লিংখৎতদুনা চৈথাং, মুক্লনচিংবা ইনাৎকী শিন্দম তম্বিবা শন্দোকখিরম্মী।

"পোরমলেন মরূপ" অসিগী পান্দমদি — মীতৈ ইনাৎকী চৎনবী লাইফম তীনফম খুদিংমক্তা ইমারোলনা ইরাৎ-থৌরম শন্দোকপা অমসুং ইনাৎকী চৎনবী চৈরোল-থাংরোল হকচাং-শাজেন, মুক্লচিংবা লোয়ননা মীতৈ খুন্নায়বু শৌগৎপা থৌরমনি। মীতৈনা হোজাইদা খুন্দারকপগী খুদম ওইনা ১৯৪৫ ইংদা হোজাইগী খাথংবদা কৈথেল অমা লিংখৎলি। কৈথেল অসিবু মীতোপশিংনা "নতুন বজার" হায়না খঙনরি। কৈথেল অনৌবা হৌদোরকপদা মতেং পিবিখিবা অহলশিংগী মিং খজিক্তং পল্লবদা থৌনাওজম রণজিৎ,

মৈস্নাম বীরমঙ্গল, তাওরেম চাওবা, তাওরেম চন্দ্র সিংহ, মোইরাংথেম খোম্বা, লাইতোনজম থোংলেন, স্নাহল রাজকুমার, নন্দ গাওঁবুঢ়া মখোয়শিং অদুগী তৌবিমলনা ঙসিদা মচা-মশু ওইরিবা ঐখোয়না চাওথোকচরি অমসুং মখোয়শিংবু হন্না-হন্না নোল্লুকচরি। মতম অদুগী অহলশিং অদুনা মীতৈগী চৎনরোলগী মতুং ইন্না "লাইরেম্বী" খুভম য়ারকখি। খুভম অসিগী মরমদা লমজিং পুরেন মশামক্না অকন্বা থৌদাং লৌরকখি। অসুন্না হোজাইগী পোরমচাশিংগী মতেং লৌরগা কৈথেল ময়াইদা "কৈথেল লাইরেম্বী"গী লাইশঙ শাদুনা ইরাৎ-থৌরম হৌদোকখি অমসুং ঙসিওবদা থাংজা লৈপাকপোক খুদিংগী তাওরেম চুরামনিনা লাইশঙ পুরেন ওইনা ইরাৎ-থৌরম পাংথোক্নুনা লাকলি।

পোরমচাশিংগী মরক্তা হোজাই আমতলা খুলেনদা পোকচবা নোংথোন্বম মঙ্গলগী মিং পন্বা য়াই। মহাক অসি মীতৈ ইনাৎপু পামজবা মরমনা লমজিং পুরেনগী লমজিং মখাদা মীতৈ ইনাৎ-লোনচৎ অসিনচিংববু কন্নবা অমসুং চাওখৎনকীদমক থৌৱায়-হকচাং য়াওনা [illegible]খোরকখিরম্মী। হোজাই কৈথেল অনৌবগী লাইশঙ অসি।। মায়াম মাংদা ঙাম্থোয়রিবসি ইবুংঙো মহাক্কীসু চাওরবা তৌবিমতেং লৈ।

পোরমলেনগী পান্দম অসি হোজাই লমদমদা ঈথিন তারকপদগী মথং-মথং ওইনা পাম্থোয়বী ইরাৎ তৌনরকলে, বীর টীকেন্দ্রজিৎগী মুর্ত্তি পৌনা ব্রজবাসীগী মুর্ত্তি অসিনচিংবা হোজাই কৈথেল অনৌবদা ঙাম্থোয়রি।

অসিগুম্বা ঐখোয়গী ওইবা ইনাৎ লোনচৎশিংবু শৌগৎপিনবা অমসুং লৈরক খুল্লক, সহর কয়াদসু থৌরম পাংথোকপিনবা মীয়ামদা নোল্লুক্না হায়জরি।

## (৬)

# য়াইফা-লূপগী থৌদাং

ফিজেৎ লৈত্রেং, চাকচা-ফম্ফম, কোন-লিক, লাইনিং-লাইশোন অসিনচিংবনা ফুরুপ-খুন্নায় অদুগী শক তাকপদা চাওরবা খুদম অমসুং মতেং পি। ঐখোয়গী ফুরুপ-খুন্নয়েদসু অসিগুম্বা শকতাক খুদম কয়ামরুম মরাং-কায়না লৈজে। অদুবু করিগুম্বা খরদা অতোপপগীদু লামশিল্লুবদগী ঐখোয়গী

ওইবা শক্তমবু মাংখি-গদৌবা য়াখল খম্বুরুবদগী য়োককে, চাওখৎহনগে অমসুং শন্দোককে হায়বা পান্দমদা হোজাই, আমতলা খুলেন্দা পোকচবা ইমালোন, ইনাৎপুনুংশিবা নোংথোম্বম ইন্দ্রকুমারগী লামজিং মখাদা "য়াইফা লূপ" কৌবা লাইনিং-লাইশেন ইনাৎগী ওইবা লূপ অমা চোংথোরকলি। লূপ অসিগী শোন্নশঙ শঙলেনদি আমতলা হরিটিলা লমদমদনি অমসুং ২০০৭ ইংগী থৌবান থাবুমদা লিংখৎখি।

লূপ অসিনা লাইগী ওইবা "চুঙ"বু অচুম্বা অমসুং অশেংবা ওইবগী খুদমদা থাজবা থম্লগা — (১) মথোল অহুমদং ওইবা - 'চুঙ' মকোকতং তাবুন শারগা লিক্তা য়ান্দুনা শিবা (২) য়েকতরেৎ গী মচু ফৈনা শাংনা মথক্তগী মখারোমদা মথং মথং লাংলগা ময়াইদা মালেম ইমাবু য়েকপা শক্তমগী মথক্তা — "চুঙ" য়েকপবু ফিরাল ওইন শিজিন্নবা (৩) "চুঙ" অদুতং নৎত্রগা ফিরাল মওংদুবু মিশেন ফ্রেম চন্দুনা য়ুমথোংগী থোংজিন মথক্তা থেৎপা (৪) ফি মতেক, অঙৌবা মচুগী ময়ুং মপান অনিদা ইচুনা মোইরাং কাব, মরাক ফিবান অনিদা নৎত্রগা অমতংদা "চুঙ" তরেৎ পরেং থোকপবু 'ইকায় খুম্ন ফি" (লেংয়ান ফি) ওইনা শিজিন্নবা অসিনচিংবা থৌদাং কয়া পাইখৎলকলি। লোয়ননা লাইনিং-লাইশেন, য়াইফা লীচৎ তম্বগী "য়াইফা শিন্দম"সু পাইখৎলকলি।

হৌখিবা আগষ্ট ১৭, ২০০৮ ইংদা লূপ অসিনা শিল্লাংদুনা পাংথোকখিবা লৈখিদ্রবা খুন্নায় থৌমী ওজা নোংথোম্বম মঙ্গলগী ৬২ শুবা মপোক কুমত্তনগা মরী লৈনবা অফোংবা মীফমদা মণিপুর আসাম তুন্ননা ফোংদোক্নুনা শন্দোকখি। অফোংবা মীফমদুগী প্রেসিডেন্ট আমতলাগী নাওরেম ব্রজেন্দ্র কুমার অমসুং অথোয়বা মীথুংলেননা মণিপুর ইম্ফালগী জয় নোংমায়থেমনা ওইখি।

লূপ অসিনা পাইখৎলক্লিবা থৌদাং আসি ঐখোয় ফুরুপ খুন্নায়গী অশেংবা অমসুং অচুম্বা ইনাৎঅদু য়োকপা চাওখৎনবা অমসুং শন্দোক্নবা হোৎনজবনি হায়না হায়জরগা মীয়ামগী য়াইফনবনি খন্দুনা শৌগৎচরি।

(৭)

# ভারতনা মীকোক থিখিবগী মতাং

ভারতগী ওইনা ১৯৯৪ ইংদা মীকোক থিখিবগী মতাংদা অসুন্না ফংজে জাতি আরু উপজাতি ভাষা (ফুরপ অমসুং ফুরুপ মচা শিংগী লোন) অপুম্বদা হৌজিকমক্তা ভারত্তা লৈখ্রিবা লোন অসি ১৬৫২ থেংনজে। মতাং অসিদা সরকারদা রেজিষ্টার লৈবা লোন সুপ্পা ২২ থকনি। রেজিষ্টার লৈতনা মীয়ামনা চৎনবা লোননা ৩৩ থকনি। লোন ময়াম অসিগী মনুংদা লোন ১৯৪ দি হৌজিকমক্তা ভারত্তগী, মপা-মপু না ঙাংনরম্বা মশাগী ওইবা মরোলদু মাং থরকলে।

মতাং অসিদা মীতৈলোনগী মরমদা খজিক্তং পনজরবদা অহুম থোক্লা খায়দোকপগুম তৌই। মদুদি — (১) মণিপুরী লোন (২) বিষ্ণুপ্রিয়া মণিপুরী অমসুং (৩) মীতৈলোন — হায়রিবা লোনচৎ অহুম অসিগী মরমদা খন্নবা তারক্লবদি অসুন্না ফংজে —

(১) মণিপুরী লোন ঃ- মণিপুরী লোন হায়বা অসি বাঙ্গলা লোনগা য়ান্ননা ঙাংবা নৎত্রগা লোম্বা অদুবুনি। খুদম ওইনা — "শ্রী গোবিন্দগী শ্রীচরণদা শত-কুটিরক হন্না-হন্না প্রার্থনা কৎচরি।

(২) বিষ্ণুপ্রিয়া মণিপুরী ঃ- বিষ্ণুপ্রিয়া মণিপুরী লোনগী মতাংদদি বাঙ্গলা লোনদা থৈগৎলগ ঙাংমনবগুম তৌই। খুদম ওইনা "ভাত খাইলতা"। মখোয়সু লোনগী দমক্তা চহীগী হরাও-কুম্মৌ পাংথোকলে।

(৩) মীতৈলোন ঃ- মীতৈলোনদি থোয়দোকনা শাইদাংলোন লৈতবগুম তৌই। মরমদি খুদমওইনা "মপুগী খুয়াদা চাংজৌ চেপ্না খুরুমজরি"।

মতমগী য়াওল মতুং ইন্না ঙসিদা অৱাংবো থাক্কী অইবা কবি শিংনা ইবিবকপা লাইরিক্তা মীতৈলোন অসি শরুক মরি থোকপগী শরুক অমগুম্বতা ঙাইরে। অসিনা মরম ওইদুনা নোংমদি মীতৈলোন অসি মালেমদগী মাংখিবা য়ানা লৈরে।

লোন ১সুং ফীজেৎ অনি অসি কাংলুপ অদুগী শক তাকপদা তৎনা-থানবা য়াদ্রবা ৱাফমনি। ঙসিগী চাওখৎপা মতাং য়েংলুরগদি — ইমারোল

চাওখৎত্রি-মখৈ মীগী ফীদম তম্লুবনা চাওখৎলি হায়বা য়াদে। মতমগী শাফু লাকপনা হৌজিক্কী মতমদা লোন - কয়ামরুম খঙদবদি য়াদে, খঙবগীশু মথৌ চংই। অদুমক্তি ওইরগা ঐগী ঐগী ইপা-ইপু থৌরম লাকপদা মীতোপকী চৎনপথাপনা অরান খুভম ওইহন্বা হায়বা অসি চাওখৎপগী খুদম ওইরোইদ্রা খনজে। অহনশিংগী পাওরৌ ওইনা "লিননা মখুন চংলমদাইদা তিংথোকই" হায়নৈ অমসুং লাইরোলদশু "নহনফমদা হনলো, নতেফমদা তেরো" হায়বনচিংবা পাওরৌ ওইনা থমবিরমদবা নৎতে। মরম অসিনা হৌজিক্কী চাওখৎলকপনি হায়দুনা বৌ-ভাত, বার্থ-দে, শ্রার্দ্ধ, অসিনচিংবা শিজিন্নরক্লিবা অসিবু চাওখৎপগী শকতাক ওইরোয়দ্রা হায়না নিংজে।অচুম্বা পুরক্নবগীদমক লুপশিংগী মীহুৎশুনা "অপূন্বা লূপ" শেম্বগী খন্নবা মতাং ওইরক্লে।

(৮)

## খোয়ুম লাংলোন

পাক চাওরবা মালেম অসিদা অচৎ-চৎতা থৌৱায় পান্বা কাংলূপ কয়ানা পাং অমখক্তা লৈচু কয়াগী লৈরাং শাৎপগুম ঐখোয়পুন্না শাৎলি ভারতগী লৈকোলনুংদা। অদুমক্তি ওইরগা মহাক-মহাক্কী শিন্থা মতুং ইন্না লমচং শাজং চৎনরোলগী মতাংদদি তোঙান তোঙানলি। চৎনরোল তোঙাল্লবসু মনুং ময়োলদি অমখক্তনি। চাওবা পিকপগী মতাংদদি থৌরমগী মখা পোননখি। অসুন্না তাইবং পান্বদা লৈরিবা অচৎ-চৎতা থৌৱায়পান্বা খুদিংমক মাগী-মাগী শিন্থাগী মতুং ইন্না হিংনবগী লাংলোন পাম্বে থিনরি। খুদম ওইনা-

(১) মিরাংনা তরংদা লাং থাক্লগা নিঙাইদনা ফম্লগা চারিয়ে।

(২) উতাংবীনা উশা-কারোংদা ফম্লগা উ-অদুগী মহাও পুম্বা চুপলিয়ে।

(৩) তরং উরীনা হৌভম মখোঙ লৈতনা উপাম্বী কয়া উপতুনা উদুগী মহাও চুপলিয়ে।

(৪) উরীগী কাংলূপনা শাইদাং লম্বেলবু থিরিয়ে।

(৫) উচিখোইনা কাওজেং-হারৌবু মচিঞাক ওইনবগী মহুম তম্না চেনশিল্লিয়ে।

(৬) মুকা তীন্না কুরাক ওল্লগা পাইখিয়ে।

(৭) মচিঞ্জাক লেংলগা খোইবু চোপলিয়ে।

(৮) শামু তোংলগা শামু খেদা চৎলিয়ে। চংনা শামু ফারগা তাইবং মীনা শিঙ্থা পিরিয়ে।

(৯) কুকিলগী মচা ক্বাকনা য়োকলি, ক্বাক অদুনা কুকিলগী মচানি হায়বা খঙবা ঙমখিদে।

শারাক হৈবনা থাকপা লাংদা কৈরেন কৈজাওসু থুদনিঙাই নৈতে। উচেক ফানবা লৌরোল লাং মখল মথেলগী কয়া মালেমদা পাক চাওনা লৈখ্রে। অসুম্না মীওইবা ঐখোয়গী ইরক্তসু অমনা অমদা লৌরোন-লাংলোন কয়া তৌনদুনা হিংনবগী হোৎনরি।

(৯)

# খুৎশেমগী লাংলোন

মীওইবা খুদিং মকসু মহাক-মহাক্কী জাতি কাংলুপ অদুগী মমালোন অমসুং চৎলকপা চৎন-পথাপকী মখা পোন্না হিংনরি। অসিগী মনুং চন্না অখঙ-অহে লৌশিং চাওবা লমজিংবিবা কয়া শন্দোক্লবা মালেমদা অকন্বা থৌদাং লৌনবি। লোয়ননা চৎনবোল ধর্মদা শাদোং ওইরগা হিংনবা পাম্বেগীদমক থোৎন নৌনা চংখিবা লানজং; অকন্বদা চংখিবা লানজং কয়া থোক্লা খাইদোকপা য়াই। অসি [illegible]ম্নমক থোকখিবা থৌদোক কয়াদগী খঙবা ঙমই। মহাক-মহাক্কী মমালোন, [illegible]না অথোয়বনি হায়বতা নৎতনা মমালোনগীদমক আসামদা অর্নাল ববা, খর্গেশ্বর তালুকদার অসিনচিংবা য়াইবী থৌর্বায় কৎখি। পম্বা য়াবগী মনুংদা ভারততা ইছলাম ধর্মগী মতমদা হিন্দুশিংগী মথক্তা ওৎ-নৈবতা নৎতনা ধর্মগী মবমগীদমক মীত্তই লীশিং কয়া শিখ্রবা। কয়া অমনা ফিজেৎ হোংলগা লেনখি অমসুং হিন্দুগী বৈষ্ণব ধর্মগী মতাংদসু যুগাই-মাধাইগী ৱারী মখল-কযা ভক্ত-বৈষ্ণব শিংনা হেন্না খঙনরবা মক্তনি। অসুম্না মীতৈ লৈপাক্তসু ধর্মগী লানজংদা থোৎননৌনা শান্তিদাস গোঁযাইনা খোঙমী-লানমী য়াওদনা মীতৈগী কৈরেন কৈজাওবু হরিনাম বীজমন্ত্রনা উচিখোইগী লাংদা থুখিবগুম থুখিয়ে। লোয়নন‍া শান্তিদাস গুরুগী কৃপাদগী ঙসিদা মণিপুরী উপাধি ফংজরে অমসুং শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি দর্শন ফংদুনা অরান-খুভম ফংজরে।

গুরু শান্তিদাসনা লৈপাক লৈহাওগা চুন্ননা থাম্বিরম্বা হৈপাল-লৈপাল ঙসিদা মণিপুরী শিংনা খোইদানা চাজবা ফংজরে। কলিদা পোকখিবা গোবিন্দ দাসনা দ্বাপরদা পোকখিবা ইবুংঙো কৃষ্ণগী অঙাং ওইরিঙৈগী ৱারীবু ওয়াক্ল চংখোন্নসু ইবিরম্মী। মপোক তরেৎ আয়োননা ইবুংঙো কৃষ্ণবু নিংজরুবগী মহৈ ওইনা মতোং চুপ্লগা মরু পীবিখিবগী ৱারী মতাং অসিদি ভক্ত-বৈষ্ণৱ শিংদা ননাইনা করি অমুক হঙ্গৎচগনি। নরত্তম দাসগী রাধা-কৃষ্ণ অনিগী নুংশি-নুংঙলগী ৱারীনা ঙসি মণিপুরী ঐখোয়না অরাল খুভম ফংজরে।

(১০)

## কাশীরাম দাসগী মহাভারত

কাশীরাম দাসনা লেংবিরম্বা "মহাভারত" পুরাণগী মনুং চল্লবা ৱারী খরদং পনজরবদা - চন্দ্রবংশগী মপা-মপুগী ৱারী ব্যাস মুনিনা জন্মেজয়গী মফমদা লিবখি। ৱারী লীদুনা হনখিবগী মরমদি জন্মেজয়না লঙজরুবা দোষ কোক্লনবগীদমক মথক্তা অমুবা ঢাকন খল্লগা মপা-মপুগী ৱারী তারগা অমুবা ঢাকন'দু ঙৌরক্তুনা মশাদা লৈরম্বা দোষ কোকচখি।

মহাভারতগী ৱারী খরদা নাতৈগা চুন্নদবা মরম —

(১) নুঃশিৎ নিংথৌগী মচা মী ওইনা পোকবখিবা, অসুন্না অতৈ-অতৈ।

(২) কুন্তিগী মনাকোংদগী কর্ণ পোকখিবা........।

(৩) মমীং উখিদবা ধৃতরাষ্ট্রনা মচা চাম্মা পোকখিবা, ..........।

(৪) দ্রৌপদীবু মৈগী কুণ্ডদগী চোংথোকখিবা করম্বা কুণ্ডবু ওইরিগবা?

(৫) দ্রৌপদীনা মঙাবু সেবা তৌজিখিবা.......।

....... অসিনচিংবা মখল-মথেল।

(১১)

## রামচরিৎ রামায়ন

পণ্ডিতশিংনা লেংবিরম্লবা পুরাণশিংগী মনুং চল্লবা রামচরিৎ রামায়নগী মতাংদা নুংগী ওইবা ঈচেল য়েংলুরগদি মরু ওইবা পাওতাকতি মপাগী ৱাশক ঙাকপগীদমক রামনা চহী তরামরি বোন্দা চৎখি। পাওতাকসিনা তাক্লিবদি

মপা-মপুশিংনা লাইনি, হৌরকফমনা লাইরৈপাকনি হায়বা ময়েক লানা উৎলি।

মীওইবা (জনক) কাংলুপনা মালেমদা লৌ-শীং উরকপা হৌবকপগী মতাং অমসুং মহৈ-মরোং অদু চারগা হিংনবগী পাম্বৈগীদমক যম্বোৎ খোইবা হৌগাৎলকপগী ৱারীনা মরু ওইবা শিন্থা পুযাসিনা তাকলিয়ে।

পুয়াসিদা য়াওবা ৱারী খরদা মহুৎতগী শেন্দোয়না হেনবগুম থেংনজেয়ে। মদুদি —

(১) পবন পুত্র নুংশিংকী মচা য়োঙ (হনুমান)না নুমিৎপু শেগ্রাকতা য়েপ্ খিবগী মতাং।

(২) নুঙবু ঈশিংদা তাওখিবা।

(৩) ময়াম্বা রাৱণা মকোক তরা লোংখিবা, মনাওশিংনা লোংদবা।

(৪) মী যোঙ, শাওম মখোযশিংদুগী খঙননবা কবম্বা লোনচৎপু চৎলম্বা।

অসিগুম্লবা লৌরোন কয়া অসি লৈবা শরুকনা মথক্তা পিথ্রবা দাস কাংবুগী মরাল কোক্লবগী দমক মখাদা অসুম্না অমুক পিরিযে।

ইবুংঙো মহাক্কী লীলাবু কনানদি খঙগনি?

"অসম্ভৱঃ নবক্তেবং ন প্রত্যাখামপি দৃশ্যতে, শিলাতরতি পানীয়ং, গীত গায়ন্তি বানরা" হায়বদি যননা উরোক থোং লালম্বা, নুঙনা ঈশিংদা তাওরম্বা, যোঙনা ঈশৈ শকলম্বা - উরবসু উই হায়ফদে। অসুম্না লক্ষ্মণ রেখানা থৎলগা থম্বিরমলে। মরম অসিনা মীতৈ খুন্নায়গী ওইনা য়েংলুরগদি "ইমৈ নৎতে তৌরানি" হায়বদু ওইগদ্রা?

## (১২)
# ৱারী

ৱারী হায়বা অসিগী মরমদা খন্নবগী অরোয়বা নাইদে, লোম্বা-খম্বাসু লৈতে। ঙসিগী থৌদোক হয়েংনা ৱাবী। চহী কল্প কয়া মমাংগী থৌদোক ৱারীবু ঙসিদা নৌহৌননা পুরাণ ৱারী (অরিবাৱারী) তারগা অরান-খুভম ওইবতা নত্তনা মীয়ামগী অৱা-পোথানরি। লোয়ননা মীয়াম তিম্বা মফমদা অচৌবা শেন্দান লম্বী অমসু ওইরিয়ে।

ৱারেং-শৈরেং হৈবা অইবা কবি শিংগী ৱাখলরোলদগী ইবিবকপা ৱারী

কয়াদগী মনা ফংদুনা মালেমদা মিংচৎ কয়া ফংনরি। য়েলহৌঙেগী ইপা-ইপুশিংনা ৱারীগী মরমদা অনিথোক্লা খাইদোকপা থেংনজে। খুদম ওইনা - (১) ফুঙ্গা ৱারী অমসুং (২) লৈপুঙৱারী হায়রিবা ৱারী অসি মাংলমচৎ চহী য়াংখৈ মুক্কী মমাংদা মীতৈ য়ুমথোং খুদিংগী ফুঙ্গা হায়দুনা মৈয়োকফম লৈনরম্মী। লোয়ননা ফুঙ্গা লাইরু হায়রগা খঙনবা অমসু লৈরম্মী। মফমদুদা ধূপ-থাওমৈসু কৎনরম্মী। হায়রিবা ফুঙ্গাদুগী মনাক্তা ফম্নগা অহলশিং অদুনা মখল-মথেলগী ৱারী লিবিরম্মী। অসিবু ফুঙ্গাৱারী অসুম্না মচা-মশু ওইবা ঐখোয়না খঙনরি। লৈপুঙ ৱারীগী মতাংদদি নুমিদাং ৱাইরম লৌবুক-লমহাংদা অহলশিংনা হজিক লাংবা ওইনা তাইবংপানগী অথুপপা ৱারী নচিংবা মচা-মশু অফবা-ফত্তবা মীওইবা করম্বা লমচৎ-শাজৎ পু চৎলগা করম্বা মহৈবু ফংবা অসিনচিংবা থকশি-খাশি, ৱাঙাং-লোনচৎ করম্না তাইবংপান হৌরকখিবা অসুম্না হিংনবগীদমক খুৎশা, চৈ থাংলোন, শারাক নচিংবা মফম-মতম লাকপদা থৌৱায় কন্নবগীদমক পাওতাক ওইবা পাক চাওখ্রবা ৱারীনি। অসুম্না লৈবুঙৱারী হায়বা অসিদগী জ্ঞান-লৌশিং কয়া ফংলকপ অদুনা মতম অদুদা অফবা লীচৎ চৎনরম্মী। কাংলুপ খরনা অহল ওইবশিংগী মনাক্তা চৎলগা মহাক-মহাক্লা পামজবা ৱাখলরোলগী মতুং ইন্না ৱাহং-পাওহংজবা মতমদুগী চৎনবী ওইরম্মী। অহলশিংগী - পাওরৌদা "হৈ হেকপদি অরাইবনি, হৈ খুন্বদি অরুবনি।" ৱারী হায়বা অসি মখল-মথেল য়ামখিবনা ৱারী দুগী নুংগী ঈচেল (অর্থ) খঙদ্রগদি ৱারী অদু তারুবগী করিগুম্বা অমত্ত মহৈ ফংদে।

(১৩)

## য়ুমজং ৱারী

মালেমদা মীওইবা কাংলুপ কয়াগী লোনচৎ শাজৎ কয়াথোক্লা লৈরগসু মহাক মহাক্কী চৎনরোল য়ুমজং ৱারী লৈতবা নৎতে। ৱাঙাং লোনচৎ খেন্নরম্বদি য়াই অদুমহিক্তি ওইরগা মরু হৌভমদি অমত্ত ওইগনিয়ে। য়ুমজং ৱারী অসিগী ঈচেলদি তাইবংপান্বদা লৈরিবা মীওইবা কাংলুপ খুদিংমক মাগী মাগী মপা-মপুশিংগী হাঞ্জনফম য়ুম অমদি লৈতবা য়াদে। অমরোমদা খোয়ুম শিন্থা মতুং ইন্না চাদা নাওদা মথং-মনাও নাইনা তুরেলগী ঈচেলগুম্না চেস্থরি অদুবু হৌভম

মরুদি লৈতবা য়াখিদে। মতমগী য়াওল লাকপনা ঙসিদা দেশ-বিদেশ মীরমদমদা কোয়না চৎনরি। দিল্লী, মুম্বাই, তাজমহলন চিংলবা ফজ-ফজবা লৈকোল কয়া উরুরে অদুবু ঐগী ঐগী হৌরকফম য়ুম শেগাইবা অদুনা ঐগীদমক্তদি লাইরৈবাকনি। মরম অসি লৈবনা অহলশিং অদুনা শুরোল-চারোলগী দমক্তা ৱারী মখল কয়া থোকনা খাইদোকনা থম্বিরম্মী। য়ুমজংফম লৈত্রবদি মহাক অদু লমজামচা ওইরে। মরম অসিদগী ঐগী-মাগী হায়বা লুখায় অমদি লৈনরি। লুখায় অসি লৈবনা অহল শিংনা ৱাহৈ অনিথোক্লা পাওরী ওইনা থম্বিরম্মী - য়ুমদাংলবদি মী অদুগী অৱাব মতোন লোমলে। খুদম ওইনা হায়রবদা যুধিষ্ঠিরনা বিরাট নিংথৌগী কোনুংদা শাইদাংলুবা মরমনা, বিরাট নিংথৌনা যুধিষ্ঠিরগী মরাইবক্তা চৌবরনা থাখিয়ে। মীঙোন্দা ঙারগা' হিংবদি নুপা' থৌদাং নৎতে হায়বা পাওরৌশু লৈতবা, নৎতে।

(১৪)

## লাইরিক

লাইরিক হায়রিবা খোন্থোক অসি মীতৈ খুন্নায়গী লোনচৎ য়েংলগদি "লাই"দগী লৌখৎপা নৎত্রগা পাখংবগী ময়েক সলাইদগী লৌখৎলগা লাইরিক ময়েক হায়না খঙনবগুম তৌই। চাওখৎপা কাংলুপশিংনা লাইরিকপু - পুস্তক, বই, কিতাপ, বুক অমসুং ময়েকনা আখর, অক্ষর, বর্ণ, লেটার অসুন্না কৌনরি। মতাং অসিদা খজিক্তং পঞ্জরবদা মীতৈ ঐখোয়গী অহলশিংনা থম্বিরম্বা ইরোল-লোন অসিমক্তি লাইরোল-লাইৱা অয়াম্বা লাইদগী লৌখৎলাগা থোল্লম্বা মিংথোলঙক্ত থেংনজে। মরম অসি লৈবনা অহলশিংনা লাইরিক অমসুং লাইশু হায়না অনি খাইদোকনা থম্বিরম্মী। মতম অদুদা অহলশিংনা মচা-মশু ৱারকপদা লাইশু খংদবা হায়না ৱারকলম্মী। লাইশু খঙদবা হায়বদি থুম থাক্তবা য়েঞ্জাং গুম্বনি। মতমগী চাওখৎলমদাং লাকপনা চিনি যঙ্গোম য়াওদবা চা ঙক্তা পান্নরকলে। থক্লিবা চাদুগী মহাওদি মতমগী চাওখৎলক্লিবা অখঙ-অহৈশিংনা হেন্না খঙবিরে।

(১৫)

## খুলোন

খুলোন হায়বা ৱাহৈ অসি করিবু খুলোন কৌবা অসিগী মরমদা মতমগী য়াওল লাকপনা ঙসিদা অয়াম্বা কাংলুপনা কাওনরকলে। মালেমদা লৈরিবা মীওইবা কাংলুপ খুদিংমক্কী লোনলী খেন্নরবসু খুলোনদি লৈনৈ। হায়রিবা খুলোন অসিগী মথক্তা লৈপাক অমসুং পাল্লিবা সরকার ফাওবা খুলোনগী মখ। পোল্লি হায়বা য়াই খুলোনগী মরমদা নৈনবদি লাইরিক মচা অসিন খজিক্তং মতীক চাদ্রে। অদুবু শম্লপ্পা হায়ববদা অমাইরোল অমসুং মাইবা মাইবীগী চৎন-পথাপ য়ুম্বাললোনগী মনুং চন্না পাক-চাওনা লৈখ্রে। ঙসিগী চাওখৎলবা মতম অসিদা অখং-অহৈ শিং কয়া লৈরগসু অহলশিংগী পাওরৌ পাওতাক ময়েক লানা লৈরগনি। হায়রিবা খুলোনঅসি মফম-মতম নাইখিবনা অবাইবা থবক্তি নত্তে। খুলোন অসিবু মফম-মতমবু খঙনা চৎলগদি মীওইবা খুদিংমক্কী অৱা-অনা খরমখৈদি কোক্কনিয়ে। মরম অসি লৈবনা ইকোক নোন্না লাওর্দি — মতম লৈরিঙৈদা অহলনাক্তা চংবিহৌ। থিরগসু ফংলোয়এ পিবগসু লৌদবা মতাং লাক্কনি। পুম্নমক মতমগী মখা পোল্লি। মতম হায়বা অসি ফংদোকত্রবা লননি। চৎখ্রগা অমুক্ত লোয়রে। লৈরিঙৈদা তৌরমদ্রবা থৌরম শিখ্রগা করি অমুক তৌরকখিগনি?

(১৬)

## ধর্ম

ধর্ম "হায়রিবা ৱাহৈঅসি মণিপুরী ঐখোয়না অয়াম্বদা "লাইনিং পথাপ"পু ধর্ম হায়রগা থঙনরি। ওন্থোকপা ঈচেলদা য়েংলুরগদি চেন্থরকপ ঈচেল চৎন-পথাপ, চৎনরোল ওইগনি। খুদম ওইনা উরীনা উপাম্বীদা য়েৎপা মাগী হৌনশা ধর্মনি। ঈচেল হায়বদি মীওই খুদিংমক্লা নুংশি চান্নলা হিংমিন্নবা অমসুং মপা-মপু, মচা-মশু মশক খঙনা চারোন-শুরোন ফাওবা মথং-মনাও নাইনা নুঙাই য়াইফনা পাম্বা অদুবুনি।

অদুমক্তি ওইরগা পুকচাকগীদমক্তা মালেমদা অকন্বা লানজাও কয়া থোকলি। মহাপুরুষ শিংনা ৱাখল- লৌশিংগী পাম্বৈনা খুৎলাই য়াওদনা ধর্মগী

লানফমদা অকন্বা চৈথেংগা লোয়ননা শেন্দান লম্বী লৈতবা নত্তে। ধর্ম খুদিংমক্তগী অথোয়বা ধর্মদি অমগা-অমগা নুংশি চান্ননা মালেমদা অলৈ-লৈতা মালেমদা হিংমিন্নবা অসিবু রামরাজ্য কৌই। মরম অসি লৈবা শরুকনা গীতানা লাওরিয়ে — "স্বধর্ম শ্রেষ্ঠ, পরধর্ম ভয়াবহঃ" ইশা-ইশাগী ইপা-ইপুগী চৎলকপা ধর্মনা অথোয়বনি, অতোপপগী ধর্ম চৎপদি কিনিঙাই ওই হায়রিয়ে।

(১৭)

## খন্নবা

মথক্তা পিরিবা মহাপুরুষ অমসুং কবিশিংগী মহাক-মহাক্না ফংবা ৱাখলরোল অসি য়েংলকপদা থৌরমশিং অসি খন্নবা তারক্লবদি মতম অমদা মহাক-মহাক্কী লৈপাক খুদিংমক্তা নিংথৌ পাল্লম্মী। মতমনা কনানসু অথিংবা য়াওদনা নিংথৌ খুভম মাংখি। লোয়ননা হৌজিক্তা লাংজা ফাওবা মাংখ্রে। অসুন্না লৈপাক নিংথৌ লৈত্রবদা লৈপাক মীয়ামগী অপাম্বা মায়কৈদা অথিংবা লৈতনা ফিজেৎ-চাকচা, ৱাঙাং-লোনচৎ লোয়না হোংখ্রে। মীগী ফিদমনা চাওখৎপনি হায়না মপুং ওইনা খন্নরকলে। য়েলহৌঙেগী মণি-চেন্বা অমহিকসুং ফৌওইবীনা কোনবীরম্বা ইরমদম ৱাৎতা-পাদনা, ইনীং-ইখা তন্না হিংজরম্মী। অদুবু ঙসিদা থম্বালগী পান্দমগুম ওইরে। মরমদি থম্বালদু ফুগাইনা শাৎপা অদুতং উরগা য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে, থম্বালদুনা হৌরকলিবা মফম অদুবুদি করম্না হৌরকপনো হায়বদুদি কনাগুম্বনা খন্থবিরুবা লৈখিদ্রে।

মতম অমদা বৃটিশ সরকারনা ভারত্তা চহী চনিরোম চুপ্না পাল্লিঙেগী মতমদা ইরমদম ভারত্তগী সানা-লুপা, হী-য়াই পুন্নমক পুখিবগী ৱারী ওইনা লৈখ্রে। ঙসিফাওবদা বৃটিশপু অকীল চাওবা হায়না শৈশকপনা শৈথানরি। অদুবু ঙসিগী ভারতগী মচা খুদিংমক্না বৃটিশগী লোনচৎ শাজৎ ৱাঙাং তম্বা হোৎনবদা সাহেবমকসু ওইবা য়াদবগুম ইশাগী লৈজরম্বা লীচৎ-শাজৎসু মাংজরে। অসুন্না মতম কুঈনা শাইদাংলুবা মরমদগী মপা-মপুগী হৌরকফম, মরৈবাক্লচিংবা মাংখিবগী ৱারী মালেমদা পাক-চাওনা লৈখ্রে।

মতম অদুদা বৃটিশ সরকারগী ৱায়েল পথাপ্তা লাইয়েং শঙদা অনাব মী শিবা য়ারমদে। ভারত্তা নীংতম ফংলকপা অসিদা ভারত মচা খুদিংমক্লা

চাওখৎ লমদাংদা হিদান্নরকলে। মতম অদু নোংপোক-মায়কৈ আসামগী লৌপুক-লমহাং খুদিংমক্তা ভুট-প্রেট, লাংমৈ-থাংমৈ হায়দুনা অয়াম্বা মরাং কায়না লৈরম্মী। ঙসিদা চাওখৎলকপগী মতুম ইন্না মখোয়সু মী মরক্তা লোয়না চংখিবগুম তৌরে। অসুন্না মতমগী অকন্বা চৈথেং লাকপনা লমক্তা শিবা ঙসিদা "লমশি"গী মতম ওইরে।

অসিগুন্না মহাপুরুষ শান্তিদাসগী ৱাখলরোল মপুং ফাখি। নোংখ্রং ঈরপখি বদগী লৌরগা ঙসি চহী চহুমরোমগী ঙকয়া ফাওদা বৃটিশ সরকারগী লৌরোনগুন্না ধর্মগী লানজংদা মীতৈলৈপাক্তা লৈজরম্বা। হী-য়াই পুন্নমক ঈশিং-ঈচাওনা লৈপাক-লৈহাও পুন্নমক চেন্থখিদুনা মণিপুর "লৈকংলা" ওল্লে। "মণি" মাংখ্রে, "পুর" দমক ঙাইরকলে। মতম অমদা অহলশিংগী ফৌওইবীগী ৱারী অমাইরোলগী মতাং পাম্বী মরা কঙলে।

(১৮)

## চাংদম্নবা

হিন্দুগী মোত মতুংইন্না য়েলহৌঙৈদা লাইয়াম খিবিক্লা খন্নরকখি ঐখোয় লাই ময়াম অসিগী মনুংদা করম্বা লাইনা হান্না পুজা হৌগনি? অসিগী মরমদা লাইয়াম খিবিক্লা পুন্না খন্নরকলে মতম অসিদা ব্রহ্মানা হায়রকখি - পৃথিবী মালেম অসি তরেৎরক হন্না কোয়বা ঙম্বা অদুনা অহান্বা ইরাৎ হৌগনি হায়না ব্রহ্মানা য়াথং পিখি। ব্রহ্মাগী য়াথং মতুং ইন্না লাইয়াম খিবিক মাগী মাগী শাদোংদা তোংলগা মালেম কোয়বা হৌনরকখি। মতম অসিদা গনেশনা হিক্লা-হিক্লা কপ্লগা মমা পার্বতীদা তেংথারকখি। ইমা ঐদি উতীননা শাদোং ওইরগা করম্না মালেম অসি কোয়গনি? মমানা খুমলকখি — ইচাগীদি ইমালৈরি করিগী ৱারী? নপাবুংগী ফম্বাল তরেৎরক হন্না কোয়রগা লোয়রে। অসুন্না গনেশনা মমাগী য়াথং মতুং ইন্না মপাবুং মহাদেবগী ফম্বাল তরেৎহন্না কোয়বদগী গনেশপু লাইয়াম খিবিক্কী মকোক থোংনা ইরাৎ পুজা ফংজখি

মীতৈগী ৱারীদা লাইনিংথৌ শোরারেননা ফম্বাল শিন্নবগী মতাংদা মপারীহল সনামহীনা মালেমবু তরেৎরক হন্না কোয়বা চৎখ্রিঙৈদা, পাখংবদা মমা লৈমারেন্বীগী য়াথং মতুং ইন্না মপাবুংগী ফম্বালবু তরেৎরক হন্না কোয়রগা

মপাবুংগী ফম্বালবুফংজখি। অদুগা অসোমদনা মালেমবু তরেৎরক হন্না কোযরুদুনা হল্লকপা সনামহীনা য়ুমথোংগী নিংথৌ ওইখি।

থক্তা পিরিবা ৱারী অনি অসিগীৱারী গী মতুং তোঙাল্লগসু নুংগী ঈচে⁻াদি অমত্ত ওইনা ফংজে।

(১৯)

## মচা পোকচবগী মহৈ

(১) ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু মচা ওইনা ফংজরুবনা বাসুদেব-দৈবকী কৈশুমশঙদা লৈখি।

(২) শাহজাহান নিংথৌ, মচাগী মপান্দগী কৈশুমশঙদা পুন্সি লোমখি।

(৩) ৱাইখুনা মচা চাওরক্লগা মমাসু শিয়ে।

(৪) মঙা পোব-চরবী ৱাজরবী "কুন্তী" কৈথেলগী চেং-হৱাই খুল্লগা চাখি।

(২০)

## নোমজমলগী মহৈ

(১) কোঞ্চেং কোকফাইনা কুমজা চুপপা নোম্লগা মনঙ্গনদা মরুম থুজখি।

(২) ঘড়ীগী সেকেন্দ কাটা, পুন্সি চুপ্পা চৎপদা পন্থুংফম খঙখিদে।

(৩) শান্তিদাসনা ধর্ম শন্দোকলুবগী মহৈ ওইনা খুজাইরোক হায়না ঙসিফাওবা খঙনরি।

(২১)

## শুজমলগী মহৈ

তাজমহল শারম্বা রাজমিস্ত্রি মনা ওইনা শিবগী চৈরাক পীখি।

(২২)

## ৱায়েল বিচার

শ্রীবৎস নিংথৌনা শনি অমসুং লক্ষ্মী অনীগী ৱায়েল বিচার পিরুবদা চহী তরানিথোয় কোনুং থারগা চেল্লি। চিন্তা মহারাণী কায়নখি।

(২৩)

## শাইদাংবা

যুধিষ্ঠির নিংথৌনা বিরাট নিংথৌগী কোনুংদা শাইদাংলুবা মরমনা চৌবরনা থাখিয়ে।

(২৪)

## মপা-মপু নীংবা

(১) শ্রীরামচন্দ্র প্রভুনা মপাবুংগী ৱাশক ঙাকপদা চহী তরামরি বোনদাচংখি।

(২) জন্মেজয়না মপা-মপুগী ৱারী তারগা মশাদা লৈরম্বা পাপ কোকচখি।

(৩) ভীষ্মনা মপাবুং শান্তনু নিংথৌগী বোর (থৌজাল) ফংবদগী কল্পতরু (শিদবা উপাল) মিংথোল ফংজখি।

(২৫)

## পাওতাক

(১) ৱা ঙাংবদগী মনা ফংদুনা মন্ত্রী ওইয়ে।

(২) ৱা ঙাংবদগী মী য়েংথিন্নে।

(৩) থকপা চাবদগী মশাগী মিংচৎ ম্যাংঙি।

(৪) অশিবা হান্না কল্লগা বিচার কোন্না তৌগনি।

(৫) লমগী মপু লৈতে, পৈসাগী ময়ুম লৈতে।

(৬) নাপলনা পোলোয়নি।

(৭) উ অৱাংবা নুংশিৎ পাল্লি।

(৮) পণ্ডিতনা মুর্খবু কিয়ে।

(৯) চংজরক্লবদি কন্বিয়ু।

(১০) শানা শিবদি খোঙ্গুলদা, মীনা শিবদি চিন্দা।

— লোয়রবা —

